# "মে-ডে"

অইবা :—
অরাম্বম প্রিয়কুমার সিংহ

# "মে-ডে"

অইবা:—

অরাম্বম প্রিয়কুমার সিংহ

পাব্লিসার—
ক্ষেত্রি অচৌবী
সেক্রেটরি :—শিংজমৈ লোকেল কাউন্সিল,
ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টি ।




অহানবা থুংনম—১৯৮১ ইং ।
কপি—২,০০০



নম্ফম—বিদ্যাপতি প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি রার্কস,
লিরা, নাগুরেম লৈকাই, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

"মে-ডে" হায়বসি অনৌবা ৱাহৈ নত্তে, লিরবা ইতিহাসিক ওইরবা চহি কয়াগী মম ও শোক ১৮৮৬ তগী চৎনরক্লবা পৃথিবীগী মশিং য়াম্লবা শু-নোম্লগ। পাঙল হুমাংমলতনা হিংজবা শিনমী মী-য়ামগী থাইদগী চাওবা হুদিং অমনি হায়বসি ঐনা নৌহৌনা অমুক হায়জরক্রবমু পৃথিবীগী মীপুম তিংনা "মে-ডে" কল্লিনো হায়রবা খঙজরবমু "মে ডে" হায়বা থিং অসিদি তাদবা, মীয়োন খঙলবা মীওই মশিং পংযাম য়াম্লমগনি নীংদে। অসিগুম্লবা পৃথিবী পুম্নমকী ওইবা অচোবা পর্ব অমা ওইরবা থোদোক অসিগী মরমদা মীয়াম্না নীংথিনা খঙবা য়াবা মওংদা লাইরিক অমত্তং ইজনিংবগী ৱাখল থমোয়দা তুংহনা লৈরকপা ওহোক্লা মতম কুইরে। অহনবু মসিগী মরি মথোং মমুৎ তানা খঙবা য়াবা লাইরিক অমদি চে-চাং অমত্তা কংদবদগী ইথোকপা ভমদহনা লৈরকপনি। ঐগী লাইবক কবদগী নোংমা ঐগী ইনাও মীয়াম্না "লাঙোল ইবোয়াইমা" হায়না শক-খঙলবা তুমথৎলকইবা সমাজবাদকী মাওজিন থংবা মহা, ঐজ্রবাকী অইবশিংগী মরক্তা তোপ-তোপ্পা মগুণ অমগা লোয়ননা মাওজিন থাগে চেনখৎলকইবা শকনাইবা নহা অসিগী মত্তেংদগী ঐনা "মে-ডে" গী চঙখোনবা ইতিহাসকী লাইরিক মচা অমা কংজবদগী "মে-ডে" হায়বা ড্রামা মচা অসি ইজখনি। অহনবু ইগে থক্লকপদগী

ইবা লোইবা কাওবগী অরাবা খুদোং থীবদি কোক্লগা ছাপা তৌহূন পানিংবা, মীয়ামগী খুত্তা য়োইহনবগী পাঙ্গল অহু ঐনা লায়রবা মরম্ন নৈপশা লিক-কোল পুখোকপা ওমজদবগী করাবা অমা ওইহনা লৈ রিবৈদো ঐগী ইয়াম্বা কেত্রি অচৌবী "লিংজবৈ লোকেল কাউন্সিল ভারত কম্যুনিষ্ট পার্টি" গী সেক্রেটরি অমদি ইম্ফাল ডিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিল সি, পি, আইগী এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরিসু ওইরিবা অসিনা শিম্মী মীয়াম্সু তুংশিবদগী ময়াগী মরুপ মপা করাদগী শেলগী মত্তো থরা থরা নিজ-হুমজহূনা লাইরিক মচা অসি ছাপা তৌনবা হোৎ-নবিবদগী লাইরিক ওইনা পুথোকপা ওমজবনি। পুন্নমকসিগী মথক্তা লাইরিক অসি থুংই ওইরিবৈদো ঐগী ইয়াম্বা লোংজম জ্ঞানেন্দ্র, ভারত কম্যুনিষ্ট মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিলগী এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরিসু ওইরিবা, শিম্মীগী লমজিংবা শকনাইবা অসিনা চঙথোরা পাবিহূনা অশোয়-অঙাম অরাং-ঙপা বয়া মেনথংলিখি। লোয়নবা বিদ্যাপতি, প্রেসকী মেনেজর ইবুংঙো ইবোশিশকনা মশাগী তৌকম খোকপা থরক্লগী হেল্লোকুনা প্রুফ কাওবা হায়রী, লৌরিবগী লোয়-ননা নৈত লায়রা কয়া তাথোক-তাশিন্নবগী খুদোং চাবা কয়া লৈবিখি। পুন্নমকী তৌবিমল উৎচবগা লোয়ননা লাইরিকসি পাবিরগা অশোক্লব, অরানবা কয়াগী পাউতাক হরাও-ত্তয়া লৌজগনি, অনিসুবা থুংনমদা চুমথোক্লবা হোৎনজগনি।

জয় শিম্মী মীয়ামগী।

অইবা—

শ্রীঅরাম্বম প্রিয়কুমার সিংহ

লাংথবাল মন্ত্রিখোং,

ইম্ফাল, ( মণিপুর )।

# লিলাদা চংবা মী

নুপা :—

১।  সাইলভিস—শিন্মী। কিলাদেলফিয়াগী মোলদর ইউনিয়নগী লীডর, মেরীগী মবুং চহি ২৫।

২।  কিসচর—চিকাগোগী শিন্মী লীডর চহি ২০।

৩।  এঞ্জেল— ,, ,, ,, চহি ২৬।

৪।  স্পাইস—উ গুবগী মিস্ত্রি। ( কিলাদেলফিয়াগী য়ং কার্পেন্তরী মার্কসকী মিস্ত্রি মকোক ) চহি ৭০ য়োম গুরবা অহল।

( অতৈ মমিং পল্লবা, পুলিস অফিসার অমা, সিকাই অনি মাংজিন থংবা আন্দোলন কারী নহা অহল, ঈশৈ শকপা শিন্মী অমা )।

নুপী :—

১।  মেরী—শিনমী লৈশাবী চহি ২০, ( সাইলভিসকী মচন-নুপী, সেন্ত্রেল লেবর ইউনিয়নগী ডিফিলেন্স ডিপার্টমেণ্ট পুরী )।

# ১ নবা উৎপা

## ফিলাদেলফিয়াগী কোর্ট কম্পাউণ্ড

( কোর্ট মতম লোইশিল্লকুনা তিল্লবা মীয়াম লোইনা চৎনখিছনা কনাম্ম নৈনত্রে। মেরীনা য়াম্না লাংতক্লনা মবুং সাইলভিসকু ভাইরি। কোর্ট কম্পাউন্দদা হৌরিবা মানা পুংবা উ পাম্বীছ্গী মক্লমদা হজৎ-হন্দা চৎলি। অমুক লেপতুনা কোর্টলোমদা য়েংই )।

মেরী—( মথন্তা ) মী পুম্নমক লোইনা চৎনখ্রে হৌজিক ফাওবা ঐখোয় তাদনা কোর্ট মফুংদগী খোক্লকত্রিবসিনা কল্লি তৌরবনো ( স্পাইস অমা চঙলকই )।

স্পাইস—ইবেম্মা লৈশাবী, নংবু কনা ভাইরিবনো ?

মেরী— ঐগী ইবুং অমা ভাইজবনি।

স্পাইস—ইবুং কনানো হৌজিক্তি ওফিসকী মীভা মঙাইরে অদৈদি লোইনা চৎনখ্রে কনাম্ম নৈত্রে … ?

মেরী— ঐখোয়গী তাদ সাইলভিসপু ভাইবনি।

স্পাইস—ওহঃ নহাক সাইলভিসকী মচনুপী ওইরে। সাইলভিসতি নৈহৌরি, মহাকপু কল্লি মরানগী কাবনো ইবেম্মা ?

মেরী—নৈবাক শিম্না অশুক চাউবা আন্দোলন অমা চথরিবসি থুরাদি তাবিত্রিবোইরে। থুরাবু কল্লি থবক তৌবিবগে ?

স্পাইস—থুরাদি উঙবনি ইবেম্মা, নোংহেক তানবদগী চুমিং তাবা কাওবা কারখানাদা নৈরবনিনা নৈবাকী ঈ-পাউ অমত্তা তাবা কৎত্রে।

মেরী—খুরাবু কারপেন্তর ইউনিয়ন য়াওখিব্রা ?

স্পাইস—খুরাদি য়াওবেবো ইবেম্মা।

মেরী—ওহঃ ইউনিয়ন য়াওদবহুননিদনা খুরানা লৈবাকী ঈ-পাও অমত্তা তাবীদবদি।

স্পাইস—থা অনীয়োমগী মমাংদা কিসচর হায়বা নহা অমা ঐখোয়গী কারখানাদা কারপেন্তর ইউনিয়ন অমা শেমখি হায়হুনা লাকখম্মী। খুরাখোয়নদি তাব তাদবনিনা কারখানা মপুগা থমদনা তৌশিল্লুরগা কৎলোইত্রা। খন্দুনা ঐখোয়গী কারখানা মপুহুগা তায়রুরে। অহুদগী মহাক্না ইউনিয়ন শেম্বদি লায়রদনা ঐখোয়গী কারখানাগী শিনমী অমত্তং ইউনিয়ন য়াওবদা কারখানাদগী তানখোকনি হায়হুনা কমা খিংবদগী তোকখিবনি।

মেরী—কদাইদগী শিনমীশিংগী ইউনিয়ন শেম্বু কারখানা মপু তায়রুরবদি কদাইদগী য়ারগদগে মখোয়দি শিনমীশিংগী অপুনবা ইউনিয়নগাসি থমনিংবা পোৎ নত্তে। হৌজিক অহুগুম্বা ইউনিয়ন ময়াম অহু পুন্নগা মখোয়গী মথক্তা শিনমীশিংগী য়াইকবা পুমন্নবা দাবী তানগদৌরিবনি।

স্পাইস—মহু খুরাখোয়না ভাব তাহৌদবনি।

মেরী—হৌজিক শিনমী ময়ামগী অপুনবা অসিনা অহানবা ওইনা পায়থৎলিবসি— শিনমী থুদিংমক্তা লোং তানবদগী হুমিৎ তাবা কাওবা থবক গুরিবা অমি পুং নিপানগী মতমতমক থবক তৌজগে হায়বগী দাবিনি।

স্পাইস—ইস মহুদি শিনমীশিংগীদমক্তদি য়াম্না কপ্রবা বানিনে ইবেশ্বা।

মেরী—মসিগী দাবী অসিগী নুচিংবসি ঐগী ইবুং সাইলভিসনি।

স্পাইস—মহাকপু ফাগ্নিবসি হৌজিকী দাবী অসি তৌবগীরা ইবেম্মা ?

মেরী—অহুগীনি। মহুত্তা নত্তনা হৌজিক লণ্ডনদা কগ্নিবা পৃথিবীগী শীনমীশিংগী অহানা কনফরেন্স অসিদম্ম হায়রিবা পুং নিপাল থবক শুবগী দাবী অসি শৌগৎপিনবা ঐগী ইবুং সাইলভিসনা টেলেগ্রাম থাগ্রবনি। মসিনা ঐখোয়গী লম্বমিতগী মত্তনা পৃথিবী পুম্নমকী দাবী ওইনবা থারেপ লৌহ্না চংখগ্নক্লিবনি। মসিদা কারখনা মপুশিংনা সরকারগা লৌন্থহ্না মখোয়গী য়াম্না মাঙবা তারে হায়হ্না ঐখোয় তাদা সাইলভিসপু লৈথাক ইয়াং হৌহনবগী মিংদা কাখিবনি।

স্পাইস—ওঃ অহুগীদমক্তা ওইরে সাইলভিসপু কাগ্নিবসে।

মেরী—মানি মানি থুগ্না, মহুগীদমক্তনি অতৈ কহিগীম্ম নত্তে।

স্পাইস—অহুগীদমক ওইরবদি কাসম্ম ইচাসিদি, মীয়ামগী অকবা থবক তৌবগী কাবরু করিগী কিগদগে, থবাই কাওবা থাদোকখিবদা করিম্ম চিংনিংজাই লৈতে।

মেরী—অসিগুম্বা অকবা থবকসি পায়থংনবগীদমক্তনি কিসচর হায়বা মুপা অমা লাকইবত্ত মহাক চিকাগো সহরদগীনি। আমেরিকান লেবর কেদরেসনগী লীডরনি।

স্পাইস—মহাক্তু ইবেন্মা ঐখোয়গী কারখানাসিদা অমুক্তগা লাকপীখো হায়বা য়াররোইব্রা ?

মেরী—এঃ ঝরিকী মাদদগে দরকারবু লৈরবদি চিঠি অমা ইথিবদা হেক্তা য়ৌরক্কদবনি।

স্পাইস—দরকার হায়ববু ঐখোয়গী কারখনাগীসু য়াম্না থুনা ইউনিয়ন অমা সেমদবা য়াদ্রে।

মেরী—শিনমী ময়ামত্তু হান্না য়াম্নী তৌরগা নীংথিনা ভাব তাহনবিখোকো থুরা। নত্রবদি ভাব তাদনা তহা তহা শেমজিনলুরগা কায়খিবা তারবদি অমুক শেমগৎপা য়াগনি।

স্পাইস—এঃ ঐনা হায়বা য়া তাগদবা ঙাক্তনি, মখোয়বু ঐনা মথুং পায়ত্তনা তাকপিরকপা ঙাক্তনি।

মেরী—হোয় অমরোমদা হায়রবস্তু অফবা থবক তৌসি হায়বদা য়ারোইদবা কনাস্থ য়াওদে। মতুদা য়াত্রবা মীত্তুদি মকোক্তু শক্তি হাল্লবা ঙাংনি।

স্পাইস—অচুম্বনি, হন্দক ময়াম হৌরক্লিবসি ঐখোয়স্তু য়াওহৌনবা য়াম্ন: থুনা শেম্নবা হোৎনরগে।

মেরী—য়াম্না ফুংঙ ইজ্জখ্রে থুরা, থম্নায় য়াওনা অমুক্তা হোৎনবিয়ু।

স্পাইস—নোং ঙানবদগী ফুমিৎ তাবা ফাওবা থবক শুবগী মহুত্তা নোংমদা পুং নিপানথক্তা থবক শুনবা দাবী তৌসি হায়বদা য়াদ্রবা মীত্তুবু মানা হৌংত্তুনা লৈরুবগী করি কাম্নগদগে হায়বা, মহাক হিংবদা করিমত্তা কাম্নদে চেং তাঙনবনি।

মেরী—অচুম্বনি থুরা।

স্পাইস—অছুদি ইবেন্মা কিসচর হায়বা লীডরছুগী পাওসিদি… ?
মেরী—মঙোন্দা পাও য়েৌহনবগী দায়ীসি ঐ লৌজরগে থুরা।
থুরাগী এড্রেসস্তি করি হায়রগা … ?
স্পাইস—"য়ং টেলেন্টস কারপেন্টরী রার্কস, ফিলাদেলফিয়া" অসিমতং হায়রগা লোইরে। (মেরীনা ফুরিংথাওদগী নোটবুক মচা অমা পুথোক্লগা ইশিল্লি।)
মেরী— থুরাগী মিংদি ?
স্পাইস—স্পাইস মিস্ত্রি হায়রগা কারখানাছুদা ঐবু থগদবা অমত্তা য়াওরোই। (মেরীনা ইশিল্লি। অদুগা নোটবুক হাপচিল্লি। তাঙাশিদা সাইভিস মখুৎ তুংবুররছুনা বোম্বি অমগী কিথমদা পুলিস অমগা লোয়ননা থোক্লকই।)
মেরী—তাদ করি রায় তারে জেলদা অমুক … ?
সাইলভিস—জেলদা অমুক লৈররোই, হৌজিক্তগী পুং কুনমরিগী মতুংদা ফিলাদেলফিয়া থাদোকউ হায়বা হুকুম অমা কংলে। (মেরী মরু লুকথছুনা তুমিন্না লৈ।)
স্পাইস—মতুগীদমক করিসু হুংঙাইতনিংঙাই লৈতে অমুক চাওখ্রবা পৃথিবী অসিদা মীয়ামগীদবক্তা অকবা থবক তৌরিবা নহাক্কী-দমক্তা লৈকম থুবাকমুক্তসু কংলরোইদ্রাও ?
সাইলভিস—মতুগীদমক্তদি করিসু বাজদে থুরা, ঐনা থল্লবা হায়ববু ঐগী কনাসু লৈজদ্রবী ইচনতুগী মেরী অসিগীদমক্তনি। অদুবু করিসু রানিংঙাই লৈত্রে, মহাকসু ঐগা লোয়ননা চৎখিবা রারগনি হায়রে।

স্পাইস—য়াম্বরবসু করে, য়াম্ব্রবসু নচনগীদমক্তদি খুরা লৈরি, করিমতা চিংনগনু।

সাইলভিস—খুরাবু কনানো ঐ খঙবা ঙমজত্রে ?

স্পাইস—শিনমীনি, য়ং টেলেন্টস কারপেন্টরী মার্কসকী মিস্ত্রিনি।

সাইলভিস—ওঃ ওঃ, ! খুরাখোয়গী কারখানাতুগী শিনমীশিংগী ইউনিয়ন লৈত্রা ?

স্পাইস—লৈত্রি, য়াম্না থুনা শেম্লবগীদমক ইবেম্মনা সায়ী লৌবিরমি হায়খিরে।

সাইলভিস—য়াম্না নুংঙাইজত্রে ( মেরীদা ) খুরাগী এড্রেসকাদি খঙলত্রা ?

মেরী—ঐ লোইনা নোট ভোরে ?

সাইলভিস—য়াম্না নুংঙাইজরে থরাই য়াওনা অমুক্তা হোৎনবিরকউ খুরা।

স্পাইস—ঐ শোয়দনা ইচাশিংগী নতেং পাংনবা হোৎনজরকনি ; অদু মকম কদাইদা চৎপা তারবা ?

সাইলভিস—হৌজিক পুলিসকা লোয়নননা য়ুম য়োক্লখিনি। অদুগা ফিলাদেলফিয়াগী বাউন্দরি কাওবা পুলিসনা খিনগনি।

স্পাইস—মমসিদবু লৈত্রবদি অদুগী চৎনিংবা মফমদা চৎপদি থিংদেদনা ?

সাইলভিস—থিংদে, অখোয়গী ব্রাইক সেন্টরসি চিকাগোদা ওইবা লেপ্লরে অদুনা ঐনসু দাইরেক্ট চিকাগো অদুম য়োরগে অদুগা ঐগী য়োগদবা মকম অমুক থম্লরুবগনি।

স্পাইস—ঐখোয়গী ইউনিয়ন অসি হেক শেম্বগা রাম্রেপকী চে-চাং পুহনা খুরাম্মু নহাকী ননাক্তা চিকাগো য়ৌরক্লগনি।

সাইলভিস—কয়ে, লেঙথোকলসি। ( ময়াম থোকয়িম্রখিবা )।

---

## ২ শুবা উৎপা

## চিকাগোগী শিনমী অফিস নুমিদাংরাই

( চিকাগোগী শিনমী আফিসকী কা অমনি। চৌকি ইকোম্র কোয়না থাই। ময়ায়দা টেবল মচা অমা থাই। ফিসচর ফাইল অমা পায়, মাগা লোয়নননা মেরী, স্পাইস, এঙ্গেল মথং মথং চঙওকই। অহুগা চৌকিদা ফম্মি।)

ফিসচর—মিস মেরী, নখোয়গী তাদা সাইলভিস লাক্ত যদি কমি তৌরে ?

মেরী—রিপোর্ট অমা ইহৌবনি লাকঅনি (স্পাইসতা ) খুরাখোয়গী ইউনিয়নত্তবু মেম্বর চামতা শুরে হায়বা ?

স্পাইস—অহোয়, হৌঞ্জিকমক চামতা শুরবনি খরম্মু হেল্লকখিগনি। কারখানা মপুগী মরীমতা খরা নত্তনা লোইনা ইউনিয়ন অসিদা য়াওগদবা ভাক্তনি।

কিসচর—অহল ওইরবা পাঙ্গল য়াওত্রবা খুরানা অসিগুদা অকনবা থবকসিদা থৱায় য়াওনা হোৎনবিরকপসি য়ান্না মুংঙাইজখ্রে। লাকলিবা শোঙ ১৮৮৬ কী মেগী অহানবা তারিখ অসিদা চিকাগো সহর অসিমক্কী হে-মার্কেৎ স্কায়ারদা পাংথোকদোরিবা জচৌবা মীতিন অসি য়ৌত্রিবৈঙদমু খুরাখোয়গী কারখানাতগী ওইবা পুং ৮ থবক শুবগী দাবী তৌবা স্ত্রাইক থৱমু চথসি।

এঙ্গেল—মহু য়ান্না কৈ। মহুনা নৌরবা শিনমীশিংদু মথৌ শঙবমু ওইগনি।

স্পাইস—অচুম্বনি, অমুক্কা তৌদবা মীদদি স্ত্রাইক হায়বসিদা মমিংতা তাবদা কিজবনা পাথৎপমু য়াওরিবনি।

মেরী—খঙজদহুনা তৌরিবনি, শিনমীশিংগীদমক্তদি স্ত্রাইক হায়বসি "শিদ-হিদাক" নি খল্লকথিগনি।

কিসচর—শিনমীশিংনা নোংম-নোংমগী ভাব তাবা অমদি স্ত্রাইক অসি তংঙাই ফদবনি হায়না খল্লরকপগী খুদম :— শোক ১৮৮১ দগী ১৮৮৪ ফাওবদা স্ত্রাইক অমদি লোকআউটকী মশিং অসি ৫০০ রোম য়ৌই।

স্পাইস— মহুদা শিনমীদি ময়ামুক শরুক য়াবগে ?

কিসচর—মহুদা শিনমী লাক্ক অমগা লিশিং য়াংথৈরোম্না শরুক য়াই।

স্পাইস—ইস্! য়াম্মিনে।

ফিসচর—মসিদগী হৌজিক কাওবসিদা অসুম অসুম হেনগৎলক্লি-বনি। মসিনা শোক ১৮৮৫ দদি স্ত্রাইক অমদি লোকআউটকী মশিং ৭০০ শুরে। অহুগা মহুদা শরুক য়াবা শিন্মীগী মশিংনা লাক্ষ অনি লিশি ২য়াৰ্ঞ্ছি শুরে।

এঙ্গেল—মথক্কী চহি মরিহুবুদি শোক ১৮৮৫ গী চহি অসিমত্তনা বার্কর মশিং লাক্ষ অমা পুৱা হেনগৎনি।

মেরী—শিন্মী মীয়ামসিনা ভাব ভাবসি য়াম্না হেনগৎলকপ্রবনি।

ফিসচর—য়াম্না হেনগৎপ্রবা জাৎনি। শোক ১৮৮৬ তদি হৌজিকী চাংচৎ অসিদা পাবদা স্ত্রাইক অমদি লোকআউটকী মশিং ১৫০০ য়োম হেল্লগনি। অহুগা মহুদা য়াওবা শিন্মীগী মশিংনা লাক্ষ তরুক্লোমদি শুরগনি।

স্পাইস—ঐখোয়গী স্ত্রাইক শোয়দনা মায় পাক্লগনি।

এঙ্গেল—ঐখোয়গী Knights of Labour গী মেম্বর মশিং হাম্না লাক্ষ অনিদা লৈরম্বনি অহুবু হন্দক্তি থঙহেন হেনগৎলি, লাক্ষ্ম তরেৎ শুরে।

স্পাইস—ঐখোয়গী পুং নিপান থবক শুবগী স্ত্রাইকসি লম অতৈদদি য়ৌদ্রিব্রা ?

মেরী—অষ্ট্রেলিয়াদদি শোক ১৮৫৬ তগী পুং নিপান থবক শুবা, পুং নিপান হয়াও তয়াম্বা, পুং নিপান পোথাবা, হায়বা শ্লোগান অসি য়ুম-কৈ শাবা শিন্মীশিংনা লেপনপ্রবনি।

স্পাইস—অহুগা হন্দক্কী মেগী অহানবা হুমিত্ত হে-মার্কেৎ স্কায়ারদা পাঙথোকদোরিবা অচৌবা ডিমোনষ্ট্রেসন অসিদদি ইউনিয়ন কয়া য়াম্না পুনশিল্লবগে ?

ফিসচর—"আইট আৰ্ৱারস ৱার্কস এসোসিয়েসন" হায়বা অমা শিন্মীগী ইউনিয়ন কয়ানা পুন্দুনা হাম্নবা শেমখ্রে। মতুংগী মথক্তা হন্দকী অচৌবা ডিমোনস্ট্রেসন অসিগী ওর্গেনাইজ তৌনবগীদমক "সেন্ট্রেল লেবর ইউনিয়ন" হায়বা অমা শেম্লে। মসিনা য়ামদ্রবদা শিন্মী শিশিং কুনমণ্ডাদি অথাপ্রদগী লাক্লবা অতুগা অনকপদগীদি অওম্বা শিন্মী মথৈ হেক পুখোক্তুনা য়াওনবা ৱারেপ লৌরে।

( সাইলভিস ফাইল অমা পায়দুনা চংওকই )

স্পাইস—(হরাওনা) লাকও ইবুংঙো সাইলভিস ময়াম্না নং লাকপা খোৱাংনা ঙাইনতুনা লৈরবনি।

সাইলভিস—( মথুং লোমৈ ) মমত্তে ময়াম পুম্নমক। ঐ ফরিম্বা অমা ইবদগী হেক লোইশিনবা য়াদতুনা খরা খেঙদোকপ্রে ময়াম্না ঙাকপিগনি। ( ফাইলদু টেবলদা থম্মী ) পুলিস য়াম্না মশা পানখ্রে।

এঙ্গেল—নিংথৌ মনাকোং ফক্লাংদা খেংলি হায়বতুনি। ঐখোয়না লাংথংলক্লিবা থবকসি থিংনবা মখোয়সু কন্না হোৎনরক-দৌরিবনি।

মেরী—তাদনা অসিদা চংওকপদা পুলিসনা উহৌত্রা?

সাইলভিস—ঐনা মখোয়বু উরকপগী ৱাসি, ঐ লম্বী অচুম্বা লাক্তে।

ফিসচর—ঐখোয়গী অফিস অসিবু রেইড তৌরবা য়াই।

স্পাইস—ঐখোয়না হৌজিক ফম্লিবা অফিস অসিবু পুলিসনা থঙ-ঙমগত্রনে?

সাইলভিস—খঙনবা কন্না হোৎনরমগনি খুরা।

স্পাইস—খুড়ানা হায়বদি মরু ওইবা খন্নগদবা খরা থুনা লোইশিন-হৌবনা কৃৎলোইদ্রা হায়বা?

ফিসচর—অচুম্বনি খুড়া, হৌজিক তৌগদবা থবক হায়ববু অথাপ্পদগী লাক্কদবা শিন্মীশিংনা থুংকম অমদি লাকবা শিল্লুনবগী রাকম খন্নগদবতনি।

সাইলভিস—সেন্ট্রেল লেবর ইউয়িন্দা য়াওম্বিবা শিন্মী ইউনিয়ন খুদিংদা গাইড তৌনবা ভলুন্টিয়ার ওর্গেনাইজর তন্না তরা থানবা লেপনখিবত্থ শিন্নবা লোইখ্রে।

মেরী—ডিমোনস্ট্রেসন য়াওরগদৌরিবা শিন্মীশিংত্থ কোংনা শ্লো-গানগা লাওতুনা লাক্লগদ্রা নত্রগা ···· ··· ?

এঙ্গেল—লাওতুনা লাক্লবদি লম্বীদা অপনবা থোকপা য়াই অতুনা চুন্নগী যাত্রিক অতৈগুম্না মতৌ মান্দনা লাক্লরগা হে-মার্কেৎ স্কয়ারদা হেক্কা থুংনরগদবনি।

স্পাইস—লৈবাক অতৈগী ডেলিগেটশু লাক্লগদ্রা?

ফিসচর—কোরেন কল্লিশিংসু লোইনা পাও কাওনরবনি অহুবু লাক্কনি লাক্লোই হায়বগী অরেপ্পদি হায়বা ওমদ্রে।

সাইলভিস—ঐখোয়গীসিদা তৌরিবা অসিগুম্না লৈবাক অতৈদশু পুং নিপান থবক শুবগী খোল্লাও অসি লাওনরকলবনি। অকনবা থবক ওইনা চঙশিন্নরক্কবগী রাতনি।

এঙ্গেল—মসিগী মমাঙদা পুং অরা থবক শুবগী শ্লোগান লাওনখিবশু য়াওখ্রবনি। অহুবু পুং নিপান থবক শুবগী খোল্লাও অসিনা নমহৎখ্রে।

সাইলভিস—ঐখোয়গীসি থবক ওইনা চঙশিন্নবা অমা থম্নরসি। অরাপ্পদগী লাকদোৌবিবা শিন্মীশিং অহু সহর অসি য়ৌনা হেক চঙশিল্লকপদা খুদোং চাদবা থোকপা য়াই। হায়বদি ঐখোয়গী ডিমোনস্ট্রেসন অসি পাঙথোকক্রিবৈদা। কত্তবা ঘত্তনা থোক্লরবদি ঐখোয়না ওইহন্নিংলিবা অচৌবা ডিমোন-স্ট্রেসন অসিগী পান্দম য়ৌবা ঙম্লরোই। অহুনা য়ারবদি থুংলরিবা শিন্মীশিংহু সহরগী মত্তাই ওইবা থরা মরুম থুপপা অমদি শিন্মী ভলুন্টিয়ার থরা কনবা মকমদা থম্নবা হোৎন-রুসি। ঐ মহুগী মফম য়েংবা চৎচরগে। মিষ্টর এঙ্গেলনা কেস্তুন, প্লেকার্ডনচিংবা শেল্লিবা ভলুন্টিয়ার ময়ামহু থরা সিক্রেসী ওইনা থবক তৌনবা শিনবিরুরো।

স্পাইস—ইবুংঙো সাইলভিসনা শিনবিরিবসি য়াম্না ফপ্রে। থবকনি পাঙথোকক্রিবৈদা হান্না খুদোংথিবা থোক্তনবা শিন্ন-হৌবা তাবনি। খুড়াগীস্থু থবক অমা পীবিয়ু কদাইদা চৎচৌ হায়বগে?

সাইলভিস—খুড়াগী থবক্তি অফিসসিদা লৈবিরগা ঈ-পাও লাক-পশিং মিৎকুপ নাহম শিংনা পাউ পীথোক-পীশিন রিকোর্ড নোট তৌবা য়াবা তৌবিবা মহুনা ফরনি।

শিন্মী ইউনিয়নশিংগী অকুপপা রিকোর্ড চে-চাং মরুপ ফিসচরনা পায়বিবা নত্রা?

ফিসচর—অহোয় ঐনা পায়জরি।

সাইলভিস—অহুদি মহুগী চে-চাংহু অফিসসিদা থম্মীরগহু থরা চেক-শিনগদবা মফমদা থম্নবা তৌবিয়ো।

মেরী—অচুবনি ঐখোয় ভিজিলেন্ট ওইদবা য়াদবনি। চেশিংচু হেক কংখিবদা শিন্নৌগী লীডরশিং পুন্নমক অচৌবা ডিমোনস্ট্রেসনগী ঐখোয়না লেপ্লিবা মুমিং অসিদগী মাঙজৌননা কাজিন্দুনা থন্নবা প্লান অমা পুলিসশিংনা ভৌরক্লবদি ঐখোয়দা য়াম্না অকায়বা ওইরক্লনি।

কিসচর—ঐ রিকোর্ড পুন্নমক অফিসতা অমত্তা থমজক্রে। ঐনা পুরিবা কাইল অসিদা লোইনা য়াওরে।

স্মাইলভিস—অকিত্তা থম্বিদবা অচু কাওবদি করে। অচুগা ইশাগী লোয়নচুনা চংপচুত্ন কবা য়াংলি কয়িগুম্বা চে-চাংশিংচুগা কোমনা কাবা থোক্লবদি মচুস্ু মথল অমগী খুদোং থিনিংডাইনি। অচুনা য়ারবদি থন্না অয়োনবা মকম অমদা থম্নবা তৌসি।

এঞ্জেল—ইথা-থাজরোইদবা, ঐখোয় থন্নদি থওনবা মফম অমদা থমসি।

সাইলভিস—মেরী নংনা পুলিসশিংনদি থঙজোইদৌবা মওংদা চেকশিন্না মখোয়গী এক্তিভিতি করম তৌরি, করি করি থবক পায়খংলক্লি। অমদি ঐখোয়গী করম কম্নবা কেম্প রেইড তৌবগী থবক চথক্রা চথদক্রা মচু থওবা ওন্নবা হোংলরুরো। অচুগা ঐখোয় মকম অসিদা অমুক পুন্নগা মাগী মাগী থবকী রিপোর্ট পিনরসি, ঐ চংচরে।

(থোকখিবা, এঞ্জেলসু চংকে তৌবদা)

ফিসচর—ভাইখো এঙ্গেল ঐখোয় অমুক্তদা পুন্না থোকপা ফংগে অমমমত্তা ওইনা তোথাই তোথাই খোক্লবা তৌশি। ( মাগী ফাইলচু হাংদোক্লগা চে-চাংচু নীংথিনা চেক তৌই। অচুগা অমুক ফাইলদা হাপচিল্লগা চেংনা পুনশিল্লি )।

এঙ্গেল—ঐশু চংলগেনে? ( টুপী লৌথোক্লগা মশমচু নাম্বচুনা শেমজিল্লি। অচুগা খদাংগী কোইচু নীংথিনা নাইম্বে অচুগা টুপী অমুক উপশিল্লি)। খুরা ঐমুক য়োক্রুথিগে। (থোকথিবা)

স্পাইস—য়োয়ো য়োয়ো, লৈপাকী অরু অরুবা মত্তাংদা নহারোল নত্রবদি করিগুম্বা অমত্তা পাঙথোকপা ঙম্মোইদবনি। নহারোল্লা, পোলিটিক্সতা, ইকোনোমিক্তা, কলচরদা কয়া থৌশাত্রবা সমাজচু মীথা পোনবা শোয়ত্রবনি।

ফিসচর—অচুম্বনি, পৃথিবীগী লৈবাক কয়াগী ইতিহাস য়েংবদা মচুগী খুদম ময়েক লানা লৈরবনি। সমাজ অমা হিরম কয়াদা অরাংবা থাক্তা পুথংনবা হোংনবদা নহারোলগী থৌদাং চাউথ্রে। ( ফাইল পায়রগা হোগংলি ) খুরা লৈহোখো, মিস মেরী ঐ অমুক চংলুখিগে।

( মেরী মোমোন নোকই মখুং থাঙ্গংলি। ফিসচরসু মোমোন নোক্কুনা মখুং হাইরম্লগা থোকথিবা, স্পাইস মখোয় অনিগী মতৌচু য়েংলগা মপুক্লিংদা করিগুম্বা থরা ভাব ভাবগুম তৌই। অচুগা ফুরিংথাউদগী চুরুট, মৈথেং লৌথোকই। চুরুট মচৈ অমা চল্লি। মৈখু বাংনা কামথংলি )।

স্পাইস—ঙসাই মথৈ চুরুট থক্লিংবনা, লিডরশিংগী মখাঙদা ব্যবহার থোকঅরোইদ্রা হায়দুনা খাঙলবনি।

মেরী—থকপিরো য়ারে ময়াম চৎপ্রবনিনা থরায় পেন্না চিংবিরো ( থংনবা কাদা চঙখি অদুগা শউনগী বেগ অমা পায়দুনা থোরকই। বেগ মনুংদগী খোঙগ্রাও অমগা জেকেৎ অমগা লৌথোকই। মানা শেংলিবা স্কার্ট অদু লৌথোক্লগা খোঙ-গ্রাও শেংচিল্লি। মেরীনা কি হোংলিবা অদু অহল ওইরবা স্পাইসনা মনিং কুপ্তুনা য়েংই, মরক মরক্তা চুরুট অমুক চিংই। মেরী খোঙগ্রাও শেংপা লোইরগা জেকেৎ লিং-শিল্লি। জেকেৎ লিংপা লোইরগা বেগ মনুংদগী তুপী অমা পুথোরকই। অদুগা মশমক্ত ডাশিন্দুনা নীংথিনা পুনখৎলগা টুপীদু উপশিল্লি। অদুগা মোমোন নোকুনা স্পাইসতা ) য়ারব্রা য়েংউ থুরা, মীনা মশক খঙঙরোইদ্রা ?

স্পাইস—( নোকুনা ) য়ারে, মীনা মশক খঙঙরোই, হান্নগী ফি-বমদু করি অমত্তা য়াওদ্রে নশক পুমওল ওল্লে।

( স্কার্টতু বেগ মনুংদা হাপচিল্লগা হান্নগী মকমদা বেগতু থম্মু-রগা অমুক থোরকই )।

মেরী—থুরা ঐশু ঈরাং অমুক য়েংউথিগে।

স্পাইস—চৎলো চৎলো ইবেম্মা, নীংথিনা চেকশিন্না চৎলু।

( মেরী থুনা থোকখিবা, স্পাইস হৌগৎলগা মেরীনা চৎ-খিবা অদোমদা য়েংহোই। ডাইহাক য়েংলগা চুরুট চিংই মৈথু শাংনা কামথোকই। অদুগা মরু লুকথদুনা বাখল

তৌনা হঙ্গং-হন্দা চৎলি। লেপ্লগা চুরুটতু কয়া চিংই মতেঙ্ হন্দোকই, মথন্তা। চহি য়ামত্রিবা লৈশাবী মচা অসিনা কাওবা সমাজগী চাওখৎনবা হিরম কয়াদা মথয়ায় য়াওনা হোৎনরিবা। মাগী চহি মতাংসিদি কে মৌহনা অপাম জুংলিগী ঈরাংদা তাওহনা লৈগদবা মতম্নি। অহুবু কয়াদা ভাব তাগ্রবা।

(মপাল্লোমদা য়েংথোকই, ইঙক ঙক্না তুমিন্না য়েংহনা লৈ। ভাইহাক্তং লৈরগা মেরী তকিং তকিং চংঙকই। করিনো থুনা অমুক হন্নকঅবদি করি কাওরয়ে ইবেন্মা?

মেরী—থুরা পুলিস য়ৌরকএ।

স্পাইস—পুলিস লাকএ হায়বা?

মেরী—য়ৌরকঅবনি থুনা থোকখ্রো, শম্বন হাংমসিদা লাম্হোকখ্রো। থুরা ইপঙ পঙনা চুরুট চিংলিভৈদা কাবিবা তারে হায়হনা চেল্লকইবনি। লাকও থুরা ঐ চৎলে।

(থুনা থোকখি। স্পাইসপু ইঙক ঙক্না ইন্নখি। ভাইহাক্তং লৈরগা মপান্দা হুইসেল থোংবগী মখোল তারকই। ভাইহাক লৈরগা নাকল অনিমক্তগী নোংমৈ পায়বা পুলিস সিকাই অনি চংঙকই। নোংমৈ এইম তৌহনা কোয়না য়েংই। ভাইহাক লৈরগা পুলিস অফিসার অমা চংঙকই)।

অফিসার—মী কনা অমত্তা লৈত্রা? অসোমগী কাসি য়েংউ? (সিকাই অমা থংনবা কাহ্নদা চঙহনা য়েংই, অহুগা মেরীগী বেগতু পুরগা থোক্লকই)।

সিকাই—করিমত্তা. লৈক্তে সার বেগসি লৈরম্মী।

অফিসার—করি য়াওই য়েংউ।

(সিকাইহৃনা বেগ মথুংহু য়েংই অহুগা স্কার্টতু লোথোকরকই)

সিকাই—হুপীগী স্কার্ট অমা য়াওরমই সার।

অফিসার—(নোক্তুনা) স্কার্ট থংম্মগা করি শেংলগা চংগ্রব-জাংনো, হাপচিল্লো অহুগা বেগতু পুরো।

(কাহু কোইয়েং য়েংই, চুরুট মতেক মৈথু কারিবহু চঙ-শিন্দুনা য়েংই। সিকাইহৃনা বেগতু পায়রগা লেপংংলি)।

উচেকশিংহু পাইথোকখিবতা ঙাইরিবা জাংনি, মহুমসি কোং-কোং শারি। য়েংউ চুরুট মতেকসি মৈথু কারি।

(সিকাই অনিহুশু চঙশিন্দুনা য়েংই)

সিকাই—সার, মসিবু মখোয়গী অফিসনি হায়বদাইনে?

অফিসার—মখোয়গী অফিসনি হায়হুনা পাউ নীংখিনা লৌরগা লাকইবনি।

সিকাই—অফিস ওইরগা চৌকি খরগ টেবল অমগা লৈরিবা অসিদগী হেন্না থমদ্বা অসিবু করি অফিসনো হায়রিবা?

অফিসার—অরোনবা, অকোংবা অফিস অনি শুরমগদ্রা খল্লি। অম্রগা অন্দরগ্রাউন্দ রুম লৈরমগদ্রা, যেংবু য়েংলুসি লাওনে। (চঙখিবা, সিকাই বেগ পাঙবহুশু ইন্নখিবা, সিকাই অমহুনা থংনবা কাগী চঙকম থেঙ মরুমহুদা মপাল্লোমদা নোংমৈ মতোন খজিক্তং লিংথোক্লগা লেপতুনা লৈবা। তাঙ্গাতদা সাইলভিস মপাল্লোমদগী পরপ পরপ চংঙকই)।

সাইলভিস—থুরা ! থুরা !! কদাইদা লৈরে ।

( খোঙজিন মরুমদা লৈরিবা সিকাইহু নোংমৈ এইম তৌদুনা থোরকই । মহু উবদা সাইলভিস কিংবা চেন্নি )।

সিকাই—চেনগন্নু ভাইখো। ( সিকাইহুনা নোংমৈ কাপ্পী ) চেনগন্নু হায়বা য়াদে নথরায় মাঙলেদো। ( মপুংদগী অফিসারগা সিকাইগা কি'ন থোরকই )।

অফিসার—করিনো নোংমৈ কাপপ্রা ?

সিকাই—কাসিদা মী অমা চংলকই, ঐ উবদা চেন্নি। চেনগন্নু হায়না খাঙদা লেপ্পু অহুদা কাপ্পনি।

অফিসার—কদাই শিরব্রা ? ( মপানলোমদা য়েংই) নখোয় অনি চংলু অসিদা পুরকউ, চেকশিন্না চংউ।

( সিকাই অনিহু থুনা থোকখি। সিকাই অনিহুনা সাইলভিসকী মপাম্বোম নামা নামা পায়হুনা থাংবোই চিংবোই তৌহুনা পুশিল্লকই। অহুগা কা ময়ায়হুদা থম্মী )। শিরব্র ? মশাদা করি করি থুংলায় য়াওগে য়েংউ।

( সিকাই অনিহুনা চেক তৌই। সাইলভিসকী ফুরিং-খাওদগী মনি বেগ অমা, নোটবুক অমা, কলম অমগা লৌ-থোকই )।

সিকাই—সার, পৈশা হাপপা বেগ অমগা, নোটবুক অমগা, কলম অমগা য়াওরম্মী। অতৈ থুংলাইকাদি করিমত্তা য়াওরমদে।

(য়ায়ওন্বা পোৎশিংহু সিকাইহুনা অফিসারহুদা পী, অফি-সারহুনা নোটংবুক কয় কয় কাক্তোতুনা য়েংলগা ফুরিংখাওদা হাপচিল্লি )।

মকিজার—শিক্রবদি শিনবা তৌরো অহুগা পুরকও, এনা হোয়েন রিপোর্ট ইবদা মশাদা পিস্তোলনচিংবা খুংলাই কয়ামকুম য়াওরম্মী হায়না হেক্তা ইশিল্লগা লোইয়ে। পুরকও লাকও। (থোকখিবা)

সিকাই—আসিবু শিরমখিয়োইডরনে, শিরম্মিদা অ সিবু শিরমদবা হৌনদেদা।

২বা সিকাই—চিংনরগা কল্লাংসিদা ভারসি অহুগা গুলি তরাদংগা নোংশিনবদা অহুম লোইজরগদবা পোংতুবু।

১নবা সিকাই—লাকও শিরমজগা আদা তৌরুরসি (মপাম্মোম নামা-নামা পায়হুনা থংদোকখিবা)

(Light Off)

## ৩শুবা উৎপা

## চিকাগোগী হে-মার্কেৎ স্কায়ার অফিস-মতম

(হে-মার্কেৎ স্কায়ার অসিদা ৬সি ১নবা মে ১৮৮৬ অসিদা শিন্মী ময়াম ডিমোনষ্ট্রেসন লাক্লগা পব্লিক মীটিং তৌগনি। ফিসচরগা মেয়ীগা বারী শাহুনা চংঙকই)।

ফিসচর—হেক্ত.ন প্লে-কার্ড য়েৌরক্লরা?

মেরী—ভলুন্টিয়ারশিংনা লোইনা পুরক্লবনি। করম্না শেম-শাগ-দবনো হায়বহ্ন খণ্ডদবদগী তাম্নরগা তৌশি হায়হ্না চৎনজবনি।

ফিসচর—কদাই আদগীসিরা।

মেরী—মানি। (থোকমিন্নথিবা, অহুগা প্লে-কার্ড অমমম পায়হ্না চংঙকই। অহুগা নাকল্দা অমমম য়ুংনৈ) য়াক্লনিনা ?

ফিসচর—য়ারনিদা, (থোকথি, অহুগা ফেস্তুন পুহ্না অমুক চংঙকই)। মসি অমুক্তা য়ুংশি।

(মথোয় অনিনা ফেস্তুন মথোঙ নামা-নামা পায়হ্না প্লে-কর্ড অনিগী মরক্তা য়ুংই। মথোয অনিনা তুংলোমদা খর-খরা হন্দোক্লগা ফেস্তুন, প্লে-কার্ডনচিংবহ্ন য়েংই। ফেস্তুন অহুদা অচৌবা ময়েক্না ইরি—

"১নবা মে, ১৮৮৬ পুং নিপান থবক শুনবগী লৈপাক হৌবা শিন্মী মীয়ামগী মীটিং" হায়হ্না ইরি। অহুগা প্লে-অমদনা—"নোংঙানবদগী কুমিৎ তাবা কাওবা থবক শুবা শিন্মী হাৎপনি" হায়না ইরি। প্লে-কার্ড অমদনা—"পুং নিপান থবক শুবা, পুং নিপান হরাও তয়াম্বা, পুং নিপান পোথাবা" হায়না ইরি)।

মেরী—ডিমোনস্ট্রেসন্দি পুং তরাদগী ষ্টার্ট তৌবা হায়নবা নত্র ? (ঘড়ী য়েংই) পুং তরাদি-তাগদোরে। ঐথোয়শু চৎনবা তৌরসি।

ফিসচর—মাগী মাগী কেম্পত্তগী লাক্লরগা পুং তরাদা লোইনা মেন রোডচা থুংনগদবনি।

মেরী—অপুম্বা ভিমোনংস্ট্রটরশিংগী মশিং থঙবিরবা নত্রা ?

কিসচর—লিশিং কুনমঙাদি ওরে। (ম্যারী শান-শানা খোকমিঙ্-খিবা। মপাল্লোমদা খাওক্রা কইসৈল খোংবা তাই। ওাইঙাক লৈরগা মোংমৈ পায়বা সিকাই অমা চংঙকই। প্লে-কার্ড ফেস্তু-নগী নাক-য়েং চংভুনা কোইনা য়েংই। অহুদগী মতুং থয়া হৎপোক্লগা ইশ্বিবা মরেকশিংহু মখোল থোক্লা পাই)।

সিকাই—"১নবা মে: ১৮৮৬, পুং নিপান থবক শুনবগী লৈপাক হোবা শিন্নী মীয়ামগী মীটিং"—ও: ও: মখোয়গী মীটিংসি অসিদা ভৌগদৌহ্নিবোইরে।

—"নোং ঙানবদগী হুমিং তাবা ফাবওবা থবক শুবা—শিন্দী হাৎপনি"—

—"পুং নিপান থবক শুবা, পুং নিপান হয়াঙ-ভয়াম্বা, পুং নিপান পোংথাবা,"—

(পোলিস অফিসার অমগা মোংমৈ পায়বা সিকাই অমগা চংঙকই)।

অফিসার—বরিনো থেংলিবহুবো, মখোয় শিন্নীশিংগী মীটিং অসিদা ভৌথা ঙায়ব্রা ?

সিকাই—অসিদা ভৌগদৌহ্নিশাল্লে সার, য়াম্না ইহুনা থেংলে।

অফিসার—মেন রোডকী ওনিংগী অহুদস্থ থেংহোরি অহুগা হে-মার্কেট স্কায়ারসিদগু মীটিংগী চে থেংলে। মকম অনি থোক্লা ভৌগদৌহ্নিব্রা। নত্রগা পুলিসশিংবু ওকহনগদবগী ভৌরিব্রা থঙহ্রে। (লোয়নরকপা সিকাইহুদা) সরক্তা লৈহোবা

সিফাইশিংদু মখোয় থরা আঃ মেন রোড ভনিংগী কেন্দুব থেংহোবা মক্তমতুদা চংলু মখোয়না করি তৌরি নত্রগা তৌগদৌরি খঙদোকউচো হায়য়ু।

সিফাই—কনি সার। ( থোকখিবা )

অফিসার—কনসু যায়া কাপতুনা হাংলবনি অতবু মখোয়গী থবক সি সুক্লেপ হেক লেপ্তে। মখোয় শিজরগে হায়বসি কয়া হেক্তা মখল্লমাল্লে।

সিফাই—মখোয়গী কেম্পসিবু কয়াদি শুরবগে সার ?

অফিসার—কেম্পতি য়ায়ে, চামজাগী মথক্তা ওইরগনি।

সিফাই—অতুদি মখোয়গী ডিমোনস্ট্রেসনসিদি মী য়াম্লমগনি।

অফিসার—কেম্প অমমদা তিল্লিবা মীয়ামতুবু লোইনা হেক্তা লাক্ৰ- ংদি লাক্ষ অমদি হেনগদবতনি।

সিফাই—ইস ! অতুদি য়ামগদৌরিবা জাংনিদনা।

অফিসার—য়ামগদৌরিবা জাংনি। অতবু ঐখোয়না রিপোর্ট পীবা মতমদদি লিশিং মরি মতারোম ওক্লত্রা হায়না ইরগা লোইরেদনা।

সিফাই—মখোয় ময়ামতুনা মতিক চাবা খুংলায় পায়তনা হেক মরাক্রবদি ঐখোয়গী কোর্স অসিনা কয়োন তৌবা রাগত্রা খল্লি।

অফিসার—প্রজা মীয়ামসিনবু মায়না হেক মহৌরক্রবদি মিলিটরি পুলিসকা উপাই নৈবা জাং নত্তেদা, মীয়ামগী পাঙল হায়বসি কনগ্রবা জাংনি। প্রজা মীয়াম্নু মায়না হৌরক্রবদি মখোয়না

ওইহল্লিংবা মওংচুমদি অচুম ওইখিবা তাবনি। অদুবু ঐখোয়স্তু মখোয়বু কস্ত্রোন তৌনবা কৈ ৱিবনিনা ঐখোয়গী ইথৌ তৌদবা য়াদবনি।

সিকাই—লুপ্রে সার পুলিস, মিলিটরি ওইরিবা ঐখোয়গী ঈ-মরী মথৌদি প্রজা মরকসিদা লৈরিবনিদো।

অফিসার—অচু খল্লুবা য়াবা পোং নত্তেদা, ঐবু হেক পোকপা ইমা-ইপামক্তুনা সরকারগী মায়োক্তা থবক তৌরক্লবদি হুকুম হেক কংবগা সেক্কেগু অমা কাওবা পস্থদনা হেক্তা কাপকদবনি।

সিকাই—অচুম্বনি সার। (ভস ই পাউ হায়বা চৎখিবা সিকাইত চাংউকই)।

অফিসার—মখোয় চৎনপ্রব্রা?

২শুবা সিকাই—চৎপ্রে সার, কোয়না পাও লৌবা চৎপা সিকাই-শিংনা হায়রম্ববু ভসাইগী মেন রোড ডুনিংদা প্লে-কর্ড কেস্ত্রন থেৎহোবা মফমদুদা মায়কৈ কয়াদগী শিন্মী ময়াম প্লে.গান লাও লাওতুনা লাক্লগা মদুদা য়াম্মা পুলহোরে হায়রম্মী।

অফিসার—মখোয়গী মীটিংবু মফমদুদা অদুম তৌগনি হায়ব্রাও?

২শুবা সিকাই—মীটিংদি হে-মার্কেৎ স্কোয়ারসিদা তৌগনি হায়।

অফিসার—অদুদি মফমদুদগী ডিমোনষ্ট্রেসন হৌকম ওইবা তা-রেনে?

২শুবা সিকাই—মানি সার।

অফিসার—পুং কয়াদগী লাকপা হৌগনি হায়?

২শুবা সিকাই—পুং তরাদগী লাকপা হৌগনি হায়রম্মী।

(অফিসার ঘড়ী য়েংই)।

অফিসার—পুংদি অরামাথোই অাংদোরে লাক্পা। মৌরম্মনি চৎ-লসি। • প্লে-কার্ড, ফেস্তুনগাসি যুক্তোক্লগা পুরকও লাকও। (থোকখিবা, সিক্লাই অনিচুনা ফেস্তুন প্লে-কার্ডনচিংবা পুরগা থোকখিবা, মপান্দা চুটাসল থোংবা মথোল তারকই ভাইহাক লৈরগা এঙ্গেলগা স্পাইসকা চংঙকই)।

স্পাইস—কদাই, মেরীথোয়না ফেস্তুন প্লে-কার্ড থেংলম্মী হায়বা-চুদি ?

এঙ্গেল—পুলিস থেংনচুনা পুথিবা ওইরম্মা তারে নত্রবদি প্রজ পুরমকী সিমপেথি ফংলিবা থবকসিগী ফেস্তুনবু কনানা লৌথোক্কনি।

স্পাইস—ফুক্তোকখিবগী মকম লৈত্রা য়েংসি। (মথোয় অনি চৎতুনা য়েংই)। সিদা মকম অমদি লৈরে।

এঙ্গেল—মসিদমু লৈরে, থোয়দ্রে পুলিসনা ফুক্তোকখিবা থোয়দন ওইরম্লগনি।

স্পাইস—ডিমোনষ্ট্রেসন কনা য়ান্না য়োংশিল্লকঅরিনি। ঐখোয়ম অমুক চৎলসি।

এঙ্গেল—খুরাদি মকমসিদগী থবা চৎথোক্লগা পুলিসশিংনা কনি তৌরকপা য়াবগে হায়বা ঈরাং য়েংচুনা লৈখিহৌরো। ঐ ডিমোনষ্ট্রেটরশিংগা লোয়নননা লাকমিন্নরগে।

স্পাইস—করে, অহুগনে ইম্মুংগো শিপ্পীশিংতু নহানা অয়াম্বনিন শান্তি ওইনা নীংথিনা চৎলমবা কন্না হায়নবিয়ু়ক্কো।

এঙ্গেল—কনি খুরা মতু তংঙাইকদবনি। (থোকখিবা)

াইস—( মথস্তা ) থবকসি মীয়াম হৌরকপনা হানজিনব্রে পোরম শিনবনা তপহৌয়ে। পুলিসশিংগী মরক্তগী ঐখোয়দা পাও পীরক্নবা মীশক অমস্তা কাওবা থঙা ডমহৌদে। অছুনা ডসিগী ডিমোনস্ট্রেসনসিদা সরকারগী মায়কৈদগী অয়োইবা ডিসিসন করিনো হায়বা কাওবা থঙবা ডঃদনা থবক্‌চংথয়ব্নি।

(তপ্না বাথল ভৌনা থোকখি। থাপ্না ময়াম লাউথুনা লাকপগী মখোল তারকই। মখোলদু অপুম থঙা থঙা নক-শিল্লকই। শ্লোগানশিংদু ময়েক শেংনা তারক্লে)।

"শিন্মী কাংলুপ"—জিন্দাবাদ।

"মেগী অহানবা হুমিং"—জিন্দাবাদ।

"নোংমদা পুং নিপাস্তমক"—থবক শুগদবনি।

নোংঙানবদগী হুমিং তাবকাওবা থবক শুবা—শিন্মী হাংপা থবক্নি।

মিনাইগী থবক মশু—লোইশিনব্রো।

শিন্মী কাঙলুপ—জিন্দাবাদ।

মেগী অহানবা হুমিং—জিন্দাবাদ

( মপাল্লোমদগী পুলিস অফিসার অমগা সিফাই নোংমৈ পায়বা অমগা অমুক চংঙকই )।

াফিসার—ডিমোনস্ট্রেটরশিংসি থ্রাউও মহুংসিদা চঙহমগনু সিফাই অমগা থায়ক্লে, নখোয় অনি লম্বী মচিনসিদা লৈয়ু। ( মপান-লোমদা ওন্দুনা ) নখোয় কমানো সিফাই অমা অসিদা লাও। ( সিফাই অমা চংঙকই )

সিকাই—সার··· ?

অফিসার—অসিদা নখোয় অনি পুন্না লৈয়ু ফুট মঙা তরুকী মনুং সিকাই অমমম লৈয়ু। ঐ সিকাই অতৈ গ্রাউন্দগী অকোয়ব খোমজিননবা হায়রুখিগে সরকী নাকল অনিদা মেচিনগন মঙা মঙা লৈরে। ডিমোনস্ট্রেটরশিং নখোয়না চংঙক হায়বদা মখোয়না য়াদহ্রনা চংঙক্রবদি নখোয় অনি থুং খোক্রকও। ঐনা মেচিনগনরশিংদা মরোল পুন্নমক শিন্ন মন্নবনি। খংঙেদনা ?

সিকাই—খঙজরে সার ! ( অফিসার মপানলোমদা থোকখিব সিকাই অনিহ্র নোংমৈ এইম তৌহ্রনা হঙ্গৎ-হন্দা চংহুনা লৈ

নোংমদা পুং নিপান থবক—শুগদবনি।

নোংমদা পুং নিপান—হরাও-ভয়ামগদবনি।

নোংমদা পুং নিপান—পোৎথাগদবনি।

মেগী অহানবা হুমিং—জিন্দাবাদ।

শিন্মী কাংলুপ—জিন্দাবাদ।

( ডিমোনস্ট্রেটরশিংহ্র চঙশিল্লকপা ঊরে। য়াইফল পায়ং সিকাই অনিহ্রনা "গ্রাউন্দা চঙবা য়ারোই" হায়হ্রনা থিংলে মাঙজিন থংবা প্লে-কার্ড পায়বা নহা অনিগী মরক্ত রাং চাওং মশা মউ ফবা মথদাং মকোই শাংনা থ্যকপা নহা অম তিনগী চোংগা অম পায়হ্রনা কন্না লাউরি )।

নহা—শিন্মী ইচিন-ইনাওশা ! ঐখোয়বু হে মার্কেৎ স্কায়ারসিদ চঙবা য়ারোই হায়হ্রনা সিকাইনা থিংলে। ঐখোয় হৌজিং

করি তৌসিগে ? ঐখোয়গী পুং নিপান থবক শুবগী দাবী ফংনবা চঙশিন্নবা ঐখোয় শিন্মী মীয়ামগী অমত্ত ভাইরবা ৱাশক্কি। ঐখোয় মেচিন নত্তে মীনি, নোংজানবদগী হুকিং তাবা ফাওবা থবক শুহনবা মী শিবা থবক্কি, শিনমী হাংকে হায়বা থোওনি। ফিখমসিদা চাক চয়া অনিশুনা মপুক থন্না চাবা ফংজত্রবা শিনমীশিংনা কয়া কুইনা খাংবা ওমথি-গনি। নোংমদা পুং নিপান থবক শুবা হায়বা দাবী অসি শিনমী ঐখোয়গী তংঙাই ফদনা ফংদবা য়াত্রবা, ফংদ্রিফাওবা লেপ্পুনা অহনবা লৈতনা চঙশিন্নগদবা দাবীনি। শিনমীশিংবু মীনাই মীশল্লগুম্না শিজিন্নবা অসি শিনমীশিংনা পুক্সিচুম্না খাঙহনা লৈবা ঙম্মোই। ঙসি শোক ১৮৮৬ কী মেগী তারিখ অমা,... হুমিং অসিদা ঐখোয় শিনমীশিংনা পাংথোক্লিবা ইতিহাসকী ওইবা অচৌবা ডিমোনস্ট্রেসন অসি ওহনবা হে.ক. নরকপদা মমল য়াম্লবা শিনমী লীডর কয়া মথৱায় কংথোক-লবনি। হৌজিক হৌজিক শিনমী লীডর কয়া অমা বৈকশুম-শঙদা অরাবা খাঙলিবনি। মখোয়গী লমন্দি পুং নিপান থবক শুবা হায়বা মখোয়না পামজরম্বা দাবী অসি ফংলবরদা ওইগদবনি। ঙসিগী ঐখোয়গী শিনমী মীয়ামগী ডিমোনষ্ট্রে-সন অসিগী পান্দমদি :—সমুত্রগী ঈথকুম থিংঙমদনা হৌরক্লিবা শিনমী মীয়ামগী ডিমোনষ্ট্রেসন অসিনা হে-মার্কেৎ স্কায়ার অসিদা পুল্লগা দাবী অসি ফংত্রিবা ফাওবা চঙশিন্নবগী মথা তাবা রারেপ কয় শিনমী মীয়াম চঙহনা লৌগদৌরিবনি।

অত্থবু ঐখোয়গী পুম্নমক ময়োগদবা খজিক্তা ঙাইরকুবা মতম-সিদা ঐখোয়বু থিংহনা চঙগন্থু হায়রে। হৌজিক ঐখোয় করি তৌসিগে ময়ামগী মত পীবিয়ু।

( মনুংদগী চোংগা পায়বা শিনমী অমনা লাওরকই )।

শিনমী— শিনমী ইচিন-ইনাওশা। নীংহননবিগনু, মাঙজিন থাব্রিবা ইচিন-ইনাওশিং চঙশিনবিয়ু। নোংঙানবদগী কুমিং তাবা কাওবা অরৈবা মীনাই মীশনগা মাম্লনা শিজিন্নবিহনা হিংগ-দৌবগী শরুক ঙসি অসি থব্লায় থাবা তারবস্থ ঐখোয় পুন্না থামিন্নথ্রসি। চঙশিনবিয়ু মাঙজিন থংবা ইচিন-ইনাওশিং পূম্নমক নীংহন্নবিগনু। দাবী অসিগীদমক্তা মথব্রায় কংখোক-থ্রবা শিনমী ইচিন-ইনাওশিং অদুগী আত্মানা নোংমদোন থক্তগী কৈচিন পোমাই হাংদোক্লনা ঐখোয়বু য়েংলমগনি। মখোয়গী মমাঙদা ঐখোয় নোংমৈ গুলি কিহুনা, থব্রায় পাম্মুবদগী নীংহন্নহনা চেল্লগদ্রা ?

ময়াম—( মনুংদগী ) চঙশিনসি শিনমী ইচিন-ইনাওশা, নীংহন্নবি-গনু, দাবী ফংদ্রিবা ফাওবা চঙশিনবা নত্রগা থব্লায় থাথিবা ঐখোয়গী রাশক্রি।

( মাঙজিন থংলিবা নহাহনা চোংগা পায়রগা লাওই )।

নহা—ময়াম পূম্নমক মাংজিন থাব্রিবা ঐখোয় চঙশিনজরে, ময়াম তুং ইনবিরক্লো।

( মাঙজিন থাব্রিবা কাংবুদো চঙশিনবা হৌই। সিকাইনা থিংই। ঙাইহাক ইম্নরে, সিকাই অনিহু থঙহৌদনা নাকল্

অনিমক্তা চৎথোক্লগে। ডিমোনষ্ট্রেটরশিংহুনা খোঙকম অমা থাংজিনবতা মঙাইদ্রি য়েচিনগল্লা নোং চুবগুম কাপ-শিল্লক্লে। ডিমোনষ্ট্রেটরশিংহু ঐ মরক্তা তুমিন তুমিন তুথ-নগ্রে। মাঙলোমদদি নোংমৈ কাপ্পা লেপ্লে। অথাপপদদি নোংমৈ মখোল লেপ্তুনা তারি। তাঙ্গাহুদা পুলিস অফিসারহু চংঙকই। সিক্লাই অনিহুম্নু অফিসারহুগী মনাক্তা চঙশি-ল্লকই)।

অফিসার—করম তৌরে, করা য়াম্নদি তুরমাল্লেনে খোমাকবশিংদো, নোংমৈ মমাঙদা মরিন ফশিল্লবা শারদনা। চংলু নোংমৈ কাপপা লেপ্লো। চেনখিবশিংহু তাম্নরুরহু মখোয়্না করা থাপ্না চেনগনি। হয়েং শিংহৌদবশিংহু ভকশংহুনা [illegible] লোইনা থিক তৌখিগদবনি। চংলো ঐ অফিস [illegible]। (খোকখিবা, সিকাই অনিহুম্নু নাকল অমস্লোমদা খোকখিবা। মপাম্না হুইসেল খোংবা মখোল তাই। নোংমৈ মখোল তাখিগ্রে)।

(Light Off)

# অরোইবা উৎপা

## সেন্ত্রেল লেবর অফিস—অয়ুক

( চিকাগো সেন্ত্রেল লেবর অফিসকী শুমাংলিপুং ৮ থবক শুবগী স্ত্রাইক্তা থরায় কৎথিবা শিনমীশিংগী মফমদা দৈ-শু কৎপগী থৌরম শিনমীশিংনা পাংথোক্লি। শিনমীশিংগী ঈতনা মচু শঙলবা শিনমীশিংগী অঙাংবা কিরাল ভংখায় চিংথহনা অরাবা কোংদোক্লি। দৈ-শু কৎপা লোইহনা মরাম কম্রে। মাওগী সিটত্তা অহল ওইরিবা স্পাইস, মেরী, এঞ্জেল, কিসচর কঙ্গা উই। শিনমী নহা অমা থোক্লকই। কিরালগী ওইরোমদা লেপতুনা ঈশৈ শকই )।

শিনমী—ঈশৈ :—

হাইগৎসি রাংনা অতিয়া নোংমদোন থৈংনা

লায়রবা শিনমীশিংগী ঈতনা মচু শঙলবা

শিনমী এখোয়গী ভাংলবা কিরাল।

উৎলসি-মালেম শিনবা থুংনা।

অপুনবা লায়রবা শিনমীশিংগী থৌনা।

নীংশিংহোরসনু মালেমগী শিনমীশিংনা।

শোক ১৮৮৬ মেঃ তারিখ অমা।

অকাওবা লৈত্রসনু ঈ-ভাং পাক্করথিবা কুমিংতু

রারীনহৌসনু মীওইবা জাতিনা হিংলিবমথৈ

ওইহৌরবগু সাক্কি অঙাংবা কিরাল অমিনা।
হাইগৎসি বাংনা অভিয়া-নোংমৈরোল থেৎনা।
মাঙহবা শিন্নীশিংগী ঈতনা মচু শংলবা।
শিন্নী ঐখোয়গী ভাংলবা কিরাল।

( ঈশৈ লোইরবদা শিনমীহু মথুং লোয়ৈ মঙক নোঙ্গি। অয়াম থুরাক থুই। শিনমীহু চঙখ্রে। অহল ওইরবা স্প্যাইস হৌগৎলগা কিরাল মথোঙদা চংঙকই )।

স্প্যাইস— শিনমী ইচিন-ইনাওশা! ওয়াংগী মেঃ তারিখ অমগী লায়ংরবা শিনমী মীয়াম পাক্কক কাপতুনা ঈঙাং পাক্তক্কহনখিবাঃ মতুদা শোকখিবা খমোয়গী দাগকমসি হুমিং থানা পাল্লিবমথৈ, শিনমী কাংলুপনা হিংলিবমথৈ মুৎপা ওঙ্গরোইদবা শোক্রবা খমোয়নি। অসিগুম্বা অকনবনা অশোনববু হুহৎপা, অচোবনা মচাবু হাহুনা চাবা, মী মরক্তা মীহিংচাগী শাজং চৎপা থৌদোক অসি, ঠমিং শাহ্লবা, ইকোক ঙোরবা ঐগী চহি হুমকুণ্ডরাগী পুন্সিদা অমুক্তা থেংনরকস্ত্রি। অহুগা মালেমসিনা হৌরকপদগীমু অসিগুম্বা থৌদোক অমুক্তা থোকখি হায়বা তাত্রি। মালেমগী ইতিহাসকী থোঙচত্তা অসিগুম্বা শুমাখিরবা থৌদোক অসি ঐখোয়গী পুন্সিগী তাংকক্তা থোক্রবনি। মসিগীদমক্তা ঐখোয়না কা-হেন্না হাহুনা লৈখোকপগী মতুক্তা মৈরিক অমত্তং লেমহৌরিবা ঐখোয়না অঙাংবা মৈরী মৈরেপ কানবা মুৎতনবা হোৎনবদা ঐখোয়গী লেমহৌরিবা

পুন্সি অসি কেমহনগনি। অসিভং হায়জরগা ঐ বিদাই লৌজগে।

( থোক্লক্তুনা মাগী হাম্রগী কমফমদা কপ্পি। ময়াম, খুবাক খুই। অচুপা মেরী তপ্না হোগৎলকই কিরাল মখোঙদা চং-ঙকই। মযামদা মথুং লোয়রগা মকোক নোল্লি )।

মরী—শিনমী ইচিন-ইনাওশিং! ঙরাংতা কোং-কোং শানা মি-পাইনিংঙাই ওইরবা অকিবা থোদোক অমা থোকখিবতা ঙায়গ্নিহৈঙদা, লাইবক থীবদগী শহীদ ওইবা ভমহৈান্তবা ঐথোয় থরা অসিনা লায়রবা শিনমীশিংগীদমক্তা, মথবায় কংথোকপ্রবা অথোবা শিনমীশিং অচুগী মকমদা লৈরাং থুজোক থরা কংচবগী থোরম পা'থোকপসিদা পুলিস অমদি সিকাইশিংগী অওৎ-অনৈ থৌশাদচনা লৈ-মনা অমত্তুংদগী কংপা য়াওনবা লেঙবিরক্রিবা শিনমী ইচিন-ইনাওশিংগী থৌনাবু ঐনা অহানবদা থাগৎচরি। ( ময়াম খুবাক খুই )।

ঐগী মতভি ঙরাংগী থোদোক্তুদা হিংচনা লৈহৌরিবা ঐথোয়সি লাইবক থীবনি হায়রিংই। মরমদি মথরায় কংথোকখ্রিবশিং অচুদি শিনমীশিংগী ইতিহাসকী লামায়দা অঙাংবা ময়েক্সা লানা ইচুনা মীওইবা সমাজনা হিংলিবমখৈ লৈহৌরগনি। ঐথোয়দি মচুগী মপোক্তু কংঙয়োইজা থনবদা পুক্লিংসি লাংঙকবা পোকই। অমরোমদা শহীদ ওইখ্রবশিং-গীদি অবাবা কোকপ্রে। মখোয়দি নোংঙানবদগী চুমিং জাবা কাওবা থবক শুবগী অরাপা য়াওররোই। নোংমদা পুং ৮

থবক শুনবগী থেংনগদৌরিবা শাংলবা স্ত্রগল অসিগী খোক-লকপা মাবা অমাবা খুদোং থীবস্থ য়াওরম্লোই। লৈহৌরিবা ঐখোয় খুজোক থরসিনা মখোয় লাক্ক কয়ানা পুবা য়াওবি-রম্বা পোংলুম অসি পুহৌরগদবনি। ঐনা হিরমসিদা অরোইবা ওইনা হায়জগদবদি ঐখোয়গী কোক্কা থোঙংপি-রম্লিবা পোংলুম অসি য়াংনা পুত্থনা লমথুংকম য়ৌনা চংপা ঙমবা ঙসিদগী হৌনা চংতুনা অমুক থিস্থবা তৌদনা। হিরম-সিদা তাব তাত্রিবা শিঙ্গীশিংগী মকমদা চংলগা মখোয়বু তাক তাহল্লগা মখোয়গী মত্তেং লৌনবা হোংনবা অসিনা ঐখোয়গী তংতাইকদবা অহানবা থবক ওইরসি। অসিতং হায়জরগা বিদায় কৌজগে। জয় শিন্মী মীয়ামগী।

( মকোক নোল্লি। ময়াম খুবাক খুই, মেরীনা ফিরাল মখোঙদগী খোঙফম অমা অনি থাংদোরকপদা ঙাইরি। মপাম্লোমদগী হুইসেন খোংবা তারকই। মেরীনা মমায় লৈখোক্লুনা মপাম্লোমদা য়েংই )।

মেরী—ময়াম কায়বিগম্থ পুলিস অফিসার অমা লাকই।

কিসচন্দ্র—( হৌগংলি ) ময়াম লাঙবিগম্থ লাঙবিগম্থ ঙরাংগী থৌ-দোক্তুগী মরি লৈনবা রাকমগী শোয়দনা ওইগনি। ( মেরীগী মনাক্লোমদা চঙশিল্লকই, স্পাইস অমদি এক্সেলম্থ চঙশিল্লকই, মপাম্লোমদগী অফিসারম্থ নোংমৈ পাম্বা সিফাই অমগা লোয়-ননা চংঙকই )।

সিকাই—নথুং থাজংলু… ( মেরী, স্পাইস, কিসচর, এঞ্জেল চপ মাম্না মথুং থাংগৎলি। সিকাই অমা চংশকই মচুনা মখোয় মরিবু অমমম ওইনা চেক তৌ। সোইবশিংদু মথুং থাদ-হল্লি )।

অফিসার—(চে মচেং অমনা য়েংলগা) মিস মেরী হায়বসি নহাক্না ?

মেরী—মানি।

অফিসার—কিসচর কনানো ?

কিসচর—ঐনি।

অফিসার—এঞ্জেলদি ?

এঞ্জেল—ঐনি।

অফিসার—হন্নুবসি নত্তনা মখোয় অচুমসি মথুং পুল্লু।

( সিকাই অমনা থৌরি মচা অমা কুপ্রিংথাওদগী লৌ-থোয়কই অচুগা মেরী, কিসচর, এঞ্জেল, মখোয় অচুম মথং মথং পুল্লি )।

সিকাই—সার, হন্নুবা অসিশু মখোয়গী লীভরনি, মখোয় ময়াম-সিগা মত্তম অয়াবদা লোয়নব উ।

অফিসার—পুনশিল্লু। ( স্পাইসশু পুল্লি )।

মেরী—সাহেব য়ারবদি অহল ওফিসরশিংদি থাদোকপিরম্মু মহাক লীভর নত্তে।

অফিসার—( নোকই ) মৈরিক অমগুং থাবঅযদা মচুনা অমুক তুম্না চারকপা য়ারিবনি।

সিকাই—ময়ামসিদি সার ?

অফিসার—লোইনা কাগদবনি। নহাক চৎলু মখোয়শিং অসি অমত্তা চৎখোকহনখিগনু।

সিফাই—ফনি সার। (ময়াম ভিল্লিবা অদোমদা নোংমৈ এইম ভোঙ্গনা খোকখি)।

অফিসার—(লৈহৌবা সিফাইহৃদা) নহাক মখোয় মরিসি পুখোকখ্রো ?

সিফাই—ফনি সার। (পুল্লিবা বন্দিশিংঙ্গু চিংলগা খোকনিল্লখি। অফিসারহুনা অহানবা সিফাই চঙখিবা অদোমদা চঙশিল্লি)।

অফিসার—সিফাইহৗ নহাক ভাইহাক্তা শঙলম্মু মী অমত্তা চৎখোকহনখিগনু ঐ থুনা সিফাই ময়াম থারক্লগে।

(ফিরাল মনাক্তা চঙশিল্লি, ফিরাল মখোকু কুকভোকই, অতুগা ফিরালহু লোখোক্লগা পুহুনা খোকখি। মপান্দা হুইসেল কন্না খোংলকপগা লোয়ননা তপ্প তপ্পা ক্লিন চিংশিল্লকই)।

(Light Off)

লোইরবা।



ঙাইবিয়ু !　　　　　　　　　　পাবিয়ু !

# ইপোম

মৈতৈলোনগী চহি মখাইগী চেফোং
অহানবা নিংথম চেফোং
য়াম্না থুনা পুথোকচরগনি ।

চেফোংসিদা :—

সাহিত্য, কলচর, নেচরেল হেলথ,
সোসিয়েল ইডুকেসন, অমসুং
পৃথিবী শান্তি অসিদা মরু ওইনা
নৈনজগনি ।